# ঈশক ইরে

অইবী
এল, চিত্রা দেবী

RAI PRAVINA BROTHERS

অকোংবী ঃ— শ্রীমতি তখেলম্ব নিঙোল লাইশ্রম ও'বী
ইবেচাওবী দেবী

— 27th August 1991
— 20th September 1991

অহানবা থুংনম : ১৯৯২




মমল : Rs 10

কোংথিবা লাইরিক থরা

১। কায়রবা থম্মোয় (শৈরেং)
২। মীংশেল য়েংলুবদা (ড্রামা)

# ৱাহৈ থরদং

থোইদোক্লা হৈশিংহূনা ইথিবা নংচদে। অয়ানবা কয়াম্না অপাবশিংনা ঙাক্পীয়ু। য়াম্না পীকপা ওইজরবস্থু পানীংবা, নৈননিংবা কয়া লৈরমগত্রা খন্দুনা ফোংদোকচবনী।

তামো কুবেরগী লোইনাইত্রবা তেংবাং, ইপবা দেবেনা লাইরিকী মথুম য়েকপীবগা লোইন্না রোক শাবগী দায়ত্য লৌবীখিবা, শান্তিকুমারগী মতেং, ইনাও নন্দাগী অন্তকপগী মশক ওইরবা পুক্নীং থৌগৎপগী থৌওং শন্না হায়জরবদা Manipur Voluntary Health Association (MVHA), Imphal গী Office কী মীওইশিংমা শিংথংদ্রবা মতেং পাংবীখি।

মসিদা নত্তনা মীং পনজখিদবা মীওই কয়াগী লমন্না তোনশিনজরে।

অরোইবদা শেংদোকচনীংবা অমদি ৱারীসিদা কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমত্তগী পুক্নিংগা মরী লৈননা ইজবা নত্তে। কনাগুম্বগা মান্নবা য়াওরবস্থু শাংবা য়াদে, ৱারী হায়রবসিদি ৱারীনী, ৱাখৌবীয়ু। অশোয় অত্তাম কয়া য়াওরবস্থু ময়াম্না ঙাকপীগনি।

অইবী

এন, চিত্রা

# লাইব্রিকসিগী মতাংদা বাহৈ খরদং

মীওইবগী পুন্সিদা থোংনয়িবা খোদোক থুদিংমক কনানসু থুং থেক্তনা লিংশিংবা হোংনম্মিকে। অদুবু ঐগী ইচেম চেত্লাগী ঈথক ইবৈ হায়বা লাইব্রিকসি অতকী মতিক কলখ্রেদা। চয়বা বাহৈ খরনা মপুং ফাহনখীবা লাইব্রিকসি ঐগীদি থুদিংমকনি। মতবগী মথক্তা শমত্রনা মতম-লৈচনবগুম লাইব্রিকস্সিবু পাবীমীবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা মীকুপ খরদং কায়থোক্তনা লৌরীরমবা অত্তোয়া মীওইশিংদা শোয়দনা লোংমদি Doctor অমদি Patient-গী বারীসু তাইবংদা মতকাং নর্থবা য়াব্রি।

হায়রৈ, মুংশিবা হায়বসীগীদমক্তা শীবা কিনজে, পুম্নমক কংথোকহৈ। লাইব্রিকসীগী Doctor-দি থক্লোয় শোকলবক্তু য়ারা চেক্লা মীয়ামদা উৎকাছনা লেনথোকপা ওম্মী। মসিবু মশাগী শিনকংনবা? অদুবু ইচেম্মদি পুম্নমক চপ মান্নবা থদোকপা ওয়া মীশকনি, থেংনবা কৈতবনি, করিগীনো? মহাক্তা লৈথোক-লৈসিন তৌহনা ইরমকীবা?

ঐনা পনজনিংবদি, লাইব্রিকসীবু বাহৈগী হায়বা থমবা ওমলোইদবা মথোয়গীদমক্তা অইবীনা কনম মচিন থাদীহনা অমুকতদি মুংশিনবগী। মুংশিনবগী অর্থ তাকপীরমোইদ্রা?

ইকৈম্মা! মতম কুইনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী মালী ওইনা লেরাং কয়া "পলো" লৈংবদা কাওরকপা মোমোন নোকচবা মীনোকতুবু ঐথোয় পুম্নমক্তা তায়জরি। শোয়দনা পীনবীয়ুকো।

নন্দা দেবী

## লাইরিকসিগী মরমদা ঐগী পাউদম

কুমারী লাইশ্রম চিত্রাগী খুৎইগী বারীমচা "ইথক ইরৈ" পাক্রবদা পুন্সিগী ফিদমমকম ওইবা বাথল্লোন কয়ামকম পুক্নিংদা ফাওরকই। মীওইবা পুন্সিবু নৌনা মশক তাকই অমসুং লময়োনা কথোকপগী খোনানা মুংশিববু মগুন হেন্না বাংথৎহল্লি। তশেংনা খুৎই অসি তোপ-তোপ্পা খুদোল অমনি।

সমাজগী য়াইফনবা করিগুম্বা থবদি তৌরমগে খঙবা মীওই, লাইনিং লম্বীদা লময়োনা খনবা কনাগুম্বা, মুপীওইবিশিংবু থাক বাংনা লৌজবা অমসুং সমাজনা নৈহৎপীরবশিংবু তেংবাংগে হোৎনবা মীওই, রাজনিতিগী লম্ফাংলবা শক্লোনশিংদা লুপ্লিবা মীশক, মুংশি ইপাক্কা তাওথরিবা নৌজ-রিবা পুন্সি অসিনচিংবা কাংলুপ পুন্নমক্না বারিগচা অসিবু থবাই য়াওনা পাক্রগা বাথলগী "ইথক ইরৈদ" তাওথগনি মীওইবগী মুংশি চান্নবা বাখল য়াম্মী অদুবু বাক্সিদদি মখোয় অনিগীদি ডাক্তরগা মহাক্কী অনাবদুগী মরিনি। মুংশিবা হায়বদু থম্মোয়দা লৈদুনসু চিনবান য়োনা কোংদোকখিদে অদুবু লমহৈনবী মীৎয়েংনা, অচাওবম কারী হকচাংগী শকওংনা মুংশি হায়রা কোংদোকখিবদি নত্তে। কুরিরদি ডাক্তরনসু থংই মানা লায়েংলিবা মীশকসি চুম্না অত্তে লায়ৎনাবা নাকা নত্তে, মুংশি লম্বীদা নিংরা থুংদবদগী থম্মোয় লাক্লানা নাক্কনি। মহাকসু কবক্না অনাকসিবু লায়েংলগে হায়রা থংই। অদুবু বারিগী অরোয়বদদি, চপ চাবা লিদহিদাক থুংনবা হায়রদুগী লাপনা চেনখিবদুদি পাংদবা মাল্লি। অদুবু কথোকপা হায়বদুনি মতাংসিদা য়াম্না মঙ্গল মাগ্গী লুনা লমজরিবা বাথল্লোনদি। মরম অসিনা ডাক্তরগী লায়েংথু মায়পাকখিত্রা হায়বা অপাম্বা খুদিংগী থম্মোয়দা ফাওরোইদবা বাহং নত্তে। বারিগী তাংকক কয়াদা হায়রি "ঐ মত্তোন্দা শিংনব পাম্মী" মসি কথোকপা ওম্বগী মগুন অদু উংপা ওম্বা তাম্নবগী শিংনবনি। অমুকসু "শিবা তাবসু নংগী নমাংদদি লেপ্লরোই।" মসিগী মরমদি অতোপ্পদা অমুক

য়েংশিন্নবোই থনবা বাখলছুনি। ডাক্তরনা অনাবন্থ পেন্না সুন্না য়েংজরগা হায়রি কেমেরা য়াওদনা কোতো নমথিবা, থম্মোয়দা মমি ভাগ্রবা অইবি অসিনা শিংনরি "মালেমসিদা ফাওথিবা লাইপোক ওইথিবা মীওই কয়াগী পুন্সিদা লেংদবা মরুপ অমদি অন্থমক মহাক্কীদমক্তা মপুন্সি কথোকতুনা লৈবা তাই।" মীওইবনা অশেংব শক্তমদা ভাওজবা ওমদে, থাবলছুদি থাজগী মঙালনি হায়বসু থম্বরুদে। মতাং অমদা হায়বি, "হিংবগী অর্থ হায়বছু কদায়বু কৌবগে? মহাক্কী লুহুপ য়াওদবা নিংথৌনি" মুপী ওইবী মপোক্কী থোংচ-নৌজবী লোয়ননা মথোয়গী অবাবা ফীভম, সমাজনা থোংগাওনরবী কন্না অমসুং মথোয়বু মচিন মেন্দুনা বারে কৌবতা হায়হন্দবশিং অন্থ অইবী অসিনা থম্মোয় শোক্লা মতাং মতাংদা ফোংদোক্লি। অন্থবু মুংশিবদি মপাল নাইদবা ইপাক্লি অমসুং মৈচাক মৈশা থাংবদি শোয়দবনি। মরম অন্থনা হায়রি "থুম্বালগা মরুপ ওইরবদি লৈথোম তৈবা নত্রগা ঈশিং চোংপদি মশানা তাবনি। মুংশিবা অমসুং রাজনীতিগী থেন্নবা বাখল্লোনসু অইবী কুমারী চিত্রানা চাংদম্নদবা নত্তে।

অরোয়বদা, মুংঙায়জদবা অমসুং নিংঙমদবা বাফমদি ডাক্তরদগী লাম্না চেনগ্রবা অনাবন্থনা হায়থিবা বাকমছুনি "ঐদি মীন্নামগীনি, নংনা ঐগা মরুপ ওইবা পায়বদি মহাক পুন্নমক থাদোকপা তাই থাদোকদবনি।" বারীমচা অসিবু থবায় য়াওনা পাবিরিবা মীওই পুন্নমক্লা থম্মোয় ফাথবিনবা হান্নজবগা লোয়ন্দনা ঐগী পাউদম তেনশিন্নবে।

কুবের অহোংশাংবম

# ইথক ইরৈ

ইবানীগী মরীহ্ যাম্না চম্মী। Doctor অমদি মাগী Patient গী মরীনী। মাগী অঙাওবী মমীৎতুগা নাপল কারবী থম্মোয়হুগী লুকথরীবী মাহথোংহ্ উবদ ঐ যাম্না হৈনদে। মরমদি ঐ নাপল তোবা মীবু যাম্না ছুংশিদে। শিংনবা মানবা মীবু ঐ থীনা শিংনবা পাম্মী। মানবু ঐবু ভাম্না কৌরমত্রবদি ঐনা মাবু পুন্সিদ শুককৌ কৌনম্লোই। মরমদি ঐ ঃখোয়গুম্বা মীসে ভশেংনা পামদে, মথোয়গী তৌশিন্নবা, মতৌহ উবদা ঐ থাংবা ঙমদে। নোংমদি ইথং থংচৌদনা মানা কৌশিনবীহুনা থাগী শাবা ছৌখি। হোয়, ইবানী মহুগী মগাংদা তত্তনা উন্নপ্রবানী, কৌন-ংোংনা তৌখিদবানী। মুম্বিৎতুদ থাগী থর শান্নখি, কদোমদগী ছৌখিবা থারীনো থংদে, সমাজগী যারীনী। মাবা ভাম্ন ছৌখিত্রা, ঐনা ছৌক্রবরা ঐ কাওয়, মহুগী মতু দম্ভ ইবানী কোন খোংম তৌখিত্রে। ঐ মাবু থওইনা তৌক্রত্রে, মাস্থ তৌরকখিদে। ঐ থংচৌদনা থম্মোয়গী লায়না অমনা নাবা ছৌখি। পুন্সিদ অচৌবা চৈথেং অমা ফংখি।

লুরবা লায়না অসিগী অথনবা Doctor অমা দয়কাখ লৈ। ঐখোয়গী Family Doctor লৈ। Doctor কয়াহুদ হায়নীংদবা ঐগী Symptom খরা লৈবনা ঐ অথন্নবা Doctor দয়কায় লৈরীবনী। ঐগী মরুপ্তা ঐনা থারীহ্ লীবা ভাখি, অঙাং ওইরীবা Doctor হুগী মরমদা। থাজরবা মরুপ্না ঐঙোন্দা থৌনা পীখি। চংসি হায়হুনা ঐ মরুপকা লোইননা মযুমদা চংখি। Doctor অমা ওইবগী তরাম তরাম তৌবীবা লমচং অহুল্ল খরা পোং-থাহনখি। মথংদ ইবানী উন্নখি, কৌবকাও কৌনদে। ঐস্থ থম্মি। মহাক পোংই, ঐস্থ পোংই। ঐ মঙোন্দা শিংনক্লা পাম্মী করিগীনো থংদে ? মথংদ অমুক থেংনৈ, ইবানী থারী কয়া শাইরে, চুম্না শামদে, মরৈ য়েংনবনী।

কাঁইরীজো থংলে, মহাক তত্তনা মরৈ হেক হেক য়েংলেকই। কপাযক্তা ঐনা তত্তনা হায়রম্বি, "নশক মতাহুগা খাজদনা মরৈদি কল্লি।" মহাক নোকই, ঐস্থ নোকই। ঐস্থ য়েংলি মরৈ। মরৈগী মরৈ। অকনবা নোংলৈ মুংশিং মরক্তগী তপ্না তপ্না থোরকই নোকনবী মাইথোংদগী অত্তাওবী মীৎয়েংহুগী বাখোক ওইরবী পুক্লিগী বারী, নীংবা কায়রবা থম্মোয়গী চৈনা। তপ্না তপ্না হাংদোরকই পুক্লিগী লমায়। ঐ ত্তকই, থুনা হাংদোকলম্মী, খংনত্রবা লমলানবা অমদা। অহুক থুনা। পুন্নমক হায়দোকপ্রমাগ্গে মানা? লোইনা হায়দোকপা মাল্লী। হোয়, অবোনবা অমতস্থ খ্ঃকহৌত্রব্রা? শোইদনা খাকলমগনী, খাকহৌবা ওইসস্থ। ঐস্থ মতাংচাবদ লীথি বারী পুক্লিদ থেংনখিবা। ইবানীগী বারী মান্নদে। মান্নবা অমাদী লৈ "নীংবা কায়বা।" কায়কম, খোদোক থেন্নবা। অশোকপা মকম লৈববা থম্মোয় অনিহু কয়াদ মান্নজরবা। ঐনা হায়খি "নং করিগী অহুক থুনা লোইনা হায়দোক্লীবনো? মানা হায়" ঐ কনাদস্থ হায়দোক্কে, অদোম্বুদি ঐ প্পাক্তে অহুনা হায়বানী"। ঐবু অহুক খাজবা য়াবা মীয়া ঐদি য়াম্না কত্তবা মীনী। ঐগা তিন্নবদি মীনা থীনা হায়ননী। কুইয়রোই, নং ঐবু শোইদনা শাওরকনী। মহাক্না নোক্না নোক্না হায়খি "অহুয়া ইশাবু হম্মনা খনবা কত্তে"। ইবানী মরৈ কয়া য়েংলৈ। অতাবা মীনা ইবানীগী মরৈদা য়াওশিনবস্থ য়াওই।

মাগী কাহুদ ঐনা মতম য়াম্না লেম্না লৌবহু ঐস্থ পামদবনী। অহুবু পুন্নমক কাওখি, মাস্থ কাওবা মাল্লি। ঐগী লায়না লায়েংবা লুই, ঐ থংই. মাবু থংলমগত্রা? ইবানীগী পুক্লি থুংলেন য়াম্না থেননৈ। বাখল য়াম্না মান্নদে। মানা হায় "লাই নী বা কাওবা হেক opposite নী, ইবানী কয়াদ থেন্নবা। চুমী, Doctor অমগা Patient অমগদি য়াম্না থেননবা ত্রবনী। নংগী অত্তকপা মী চিংশিন্নবা শক্তি লৈ হায়রহুনা নাপল তৌজরীবী মতৌহুগা লোইননা নংগী Patient কয়াগী বারী ঐত্তোন্দ লীথি। মীসুংশি চাওবীগী শাজংতুনা থম্মোয় শোনবা কয়াস্থ

মংগী থৌজালদ ভাওখিচুনা ভজনা মৈবামবীজন্না মচোন তিংশিঙি ভথী। ঐদি কায়ননী খংলবা খম্মোয়না মাইথী হায়চুনা য়ারবদু মংগী খোংজিন্দা অমুক হন্না ভীক্কা নীংবোই শিবা তারবদু নংগী মমাংদ লেপ্পরোই।

Doctor অমাদী মাগী Patient গী মরীচু অসুম্না চৎখবা তাগ্রে। নোংমা বারীমচা অমা কোংদোক্লবদগী খংহৌদনা Patient চুগী মীংচৎ খংহেন হেনগৎগ্রে। Doctor মশামক্কা পাবগা থাগৎপীবগা লোইননা অসুম্না পাওতাক পীখি "মথা ইথবীবা কৈ"। অচুগা বাহং অমদু হংলকই, করি মশুন লৈচুনা করিগী ভীক্কা নীগদোরীবনো? মাগী কদি হাপ্নীংঙাই লৈজরবগে? বারী মচাচুদ য়াওরীবা মুপীচুবু কয়াদ কজনা থাগ্রবা? মাবু অচুম্না হেকমক কজরমগত্র? হোয়, বারী হায়বসি শাজিন্নবনী। ঐসু যাই। অচুগা অকোনবগী হায়বদি বারী মচাচুগী লোইশিন্নকপগী বাহে পরেংচু পাবাদ ঐ কোক চিকখি। করিগীনো অসুম্না ইরীবা? অছুবু চুম্না কজনবা ইত্রা। নত্রগা ———।

P :— হোয়, লাইরিক ইবশিংগী লাইবকথীবা অমা লৈ। মীয়াম্না মখোয়গী পুক্নীংবু ভশেংনা খংবীদে। করিগুম্বা খরা ইজরুবদ হেক্তা হায়বী মাগী বায়ীদো মচুগা মরী লৈম্নরীভৈদা ইবনী। অচুগা অদাগা অসুম্না হৈনদবা মওংদা পাওথোকপী। চুম্মী, ঐখোয়দ ভং পানহনবা ভম্বা পোৎ নত্রগা মীচুগী শক্তম অমা শাগৎতুনা ইবনী, ভশেংনা মীচুগী পুক্নিদগী পুম্নমক শিন্দোক্তুনা মচুগা চপ মান্না ঐখোয় ইদে। অইবশিংগী মীৎকী মীৎয়েংগা অতৈগা খেননৈ হায়বসি মীয়াম্না খংবীদে। মখোয়দি মীয়াম্না বাবা মতমদ মুংঙাইরম্বা য়াই। মীনা মুংঙাইবা উরগসু কপ্পবা য়াই।

Dr :— হোয়, ভশেংনা মানী হায়চুনা থাগৎপা নৎচদে। বারীসে য়াম্না কজগ্রে, মথা ইথবীয়ু।

Pa :— কাগী ওইনা হায়খি "ঐসু খল্লিবানী কজমাম্লে"। নোকমীম্নবা। ভশেংনা খল্লি, মবানীচুবু ভশেংনমক নোক্নীবরা খংনা চান্নবাগী

অহানবা ওইনা নত্রগা নোকশিন্নবীত্রা? অনাবা মীহু য়াম্না কন্না ইবা নত্তে। অহুবু মখক মরক্তা ইখিবনী। মহাক তশেংনা অইবা ওইজনীংদে। অহবু পুন্সিগী করিগুম্বা মতাংদদী অকনবা পুক্নীং ইথোলমা হনশিন্দুনা হেক হেক ইরকই। মহুনা ইখিবানী Doctor অমদী মাগী Patient কী পোংথোক্নবগী বারী। মসিমু হংজবা তাই, Patient অমনা মাগী Doctor দা পোংজনবগী হক লৈফম থোকপ্রা? মবানী করি মরী লৈনৈ? অচম্বা পীক্নবা মরীহুগী থুদোংচাবা লৌত্নুনা Patient অহুনা মশাবু ফহনবীগদবা Doctor হুদ শিংনবা য়াত্রা? Doctor হুগী মরাল লৈত্রা? নত্রগা Patient হুগী অরানবা বাথল্লা? হায়বদি Doctor শিংনা মাগী Patient শিংবু লায়েংবদ শিজিন্নবা পাদৈশিংহু মহাক্না অরানবা মীৎয়েংদা য়েংহুনা মাবু হেন্না মুংশিনা তৌবীরে থম্ন,গীত্রা? ফরে, Doctor গী পুন্সি বারীদ য়াওখিবনী, পামজবা অমদী মুংশিবীবগী লোইনাইত্রবা অরেম্না লৈত্রবা ভীক্ষারী কয়া অমগী নীংবা কায়রবা মাইথোং কয়ানা মাগী থোজালগী মাইকৈদ য়েংহুনা লৈরী হায়বা হায়জরী মশানা, মাগী মীমুংশি অমদি থোজাল হৈবহুবু বাহম্পোক লাম্না লৌত্নুনা মথোয মশানা মশাবু ভীক্ষারী ওইহনজবনী, মাগী মরাল লৈতে। চুম্নম্বা য়াই, গুলাপ্পা শাংলিবা থোইমু পুম্নমক্কী নত্তে, অথম্নবা মাগ্নীদমক্তনী। অহুবু থোইমুশিংনা খংলমগত্র? খংলমদবা য়াই, গুলাপ কৈদৌৱৈদ মীৎকুপ থুদিংগী মচু ওন্দ। ফরে, Patient অহুগী মরাজদি করিনো? মীৎয়েং লালুবরা? Patient অহুগী লানবগী থোনা Doctor হুনা মঙোন্দা পীত্রা? নত্তে Patient অহু মতমহা বাথল থম্বা ঙমদবা মীওইরা? ওইরম্বা য়াই, অনাবা মীগী অরানবা বাথল ———।

হৈশিংলবী Doctor হুনা খংলমদবা তাই, মাগী Patient হু অচম্বা নত্তে। নারীবা লায়নাহুমু খংলবমু খংশিন্নদবরা? নত্রগা মহাক্না পুম্নমক খংদোক্নবা উপাই অমা থীরীবরা? হৌজিক্তি মবানীগী মরী-শিংনবা

অমদগী তপ্না। তপ্না থংনা চাপ্পবা ওইনা ওপ্তোরক্রা হায়না থল্লিবনী। অদুবু ৱাকমসিমদি ঐখোয় য়াবা তাই, অমদী য়েংখিবা তাই, মরুপ মপাং ওইবশি মরীদু কুইগদ্রে? কুইদ্রোইদ্রে? তশেংনমক থম্মোয় লেংনা অমনা অমবু মরুপ অমনী হায়না লৌশিনবা ঙম্লব্রা? নত্রগা Doctor অমদী মাগী Patient শী মরীদুদ অদুমক লেপ্লদুদ্রে?

মোংমা Patient অদুগা Doctor অদুগা লম্বীদ থেংনখি। কৌনা খোংনা চৌরবা তুংদ Patient অদুনা Doctor অদুদা মাগী মরুপ অমগী ময়ুমদ চংলুসি হায়জকয়দা Doctor নম্ব য়াবীখি। লম্বীদ ৱারী কয়া শাদ্দরদুনা য়াম্না হুংঙাইনা চৎলি। মবানী হায়্নাশুম্না মরৈ য়েৎনদ্রে, অমনা অমবু শিংনরম্বাদু ফবদৌনা তৌরে। Patient অদুবু থংবীবা কয়ানা হংবীরবই "কমদৌরী? অমদুদি হুংঙাইখ্রেকো, মরুপ মপাং হায়রবসিদি অ'স ঙাক্কানী।" Patient না নোক্লগা খুম্মী "হোয়"। অতুম্না মাগী পাংথুম পীবা লোইদ্রিনৈঙদ থেংনবা অমনা অমুকন্দু হায়রকই "মাইদুবু কমদৌরীমো? নংবু ওকথং থংদ্রনে?" — থংদে। মতম্গী ৱাদু তোক্লসি কোম্না ৱানৌ শাশি। অতুম্না Patient না ৱাকমশিং অদু নাথৈনবা হোৎনখি।

নীংশিংলকই নহাওহরীবা মরুপ অমনা হায়খিবদু মীগী অৱাবা তায়বা মতমদা মী অতৈনা হংলকপা ঙাংলকপা পুম্বা হুংশিবীদুনা হংলকপা নত্তে করেম্বানী। ঐ ৱাহৈসিগী ৱাহনথোক থৌরী। মহাক মীয়ামগী থাজবগী ৱাংমদা লৈরে। মপুক্লিদ থাজনীংঙাই লৈতরে। মাগী পুক্লিদ নমথাক তৌবীদ্রে। মাগী অৱাবা উম্নগা মীয়াম্না করেম্নবীদ্রে। হোয়, মীওইবগী হৌনশাদী মীগী অৱাবদা ৱাবীবনী। হুংশিবীবা ৱাহৈ অমতা ওইরবস্ব হায়দুনা থেমজিনবা তাবানী। অদুবু মথোয়দি —— P না থল্লি।

Dr. না P দা য়েংলগা তপ্না হংলকখি "য়াম্না চাপ্পবা মরুপ অমা লৈবীরম্ব্রা?" P না নীংক্কেং অদুবু নীংচানবা ঙমখিদে, লুকথরগা তপ্না খুমখি "হোয়"। মথানী মরুপ্তুগী মুমদা থুংলবদ হয়াও হয়াও তৌবীদুনা

য়াম্না কুংঙাইনা লৈখি। অদুবু খংহৌদনা Patient অদু পোংথাকপ খংদনা খমোয়গী লায়নাহু কম্না হৌরকই। Dr. অদুনা কুম্না শেনবীদুনা খন্না ফররকপদ হিদাকতু চাং নাইনা চাত্রা চাত্রবরা হংবীখ্রী। মখোয় Tape Recorder অমদগী ঈশৈ তারী। Dr.না তাবা পাম্মী, অইংবা অভম্না। P না তাবা পাম্মী, অয়াংবা, মুশিববু করেম্নবা, সমাজদ লৈরীবা মুপীগী মাংথরক্লবা লমচংতা লংনবা। Dr. না মুপীবু থীনা চৈবা লংনবাগী ঈশৈ অমা তাববা তুংদা পেলপ্না হায়রকই "কংহৌত্রগা ফিনা চৈরীসি য়েংঙু"। P না তপ্না হায়রকই "অচূম্বনী"। Dr. না পুস্পিসে নখোয়না উরীবদু ঐগীদি নত্তে, নহাক ঐবু থাজো, হায়রীবসে য়ানীংত্র? হোয়, ঐগীদমক্তা মীওই কয়াগী মপুস্পি মাংত্রে, য়াম্না কবা কয়াম্ন য়াওখিবনী। অদুবু ঐগী ইরাম্না? ঐদি মখোয়দা মাংঙু হায়খিদে, য়াম্না তপ্না মহাক্না মীংঙমদবা অমা য়াওনা হায়রকই। P না কাপ্পী তৌশিল্লী "অদুদি বারীসে ইবা লেপ্লগে?" Dr. না নোকনী নোকমীতৌনা হায়রকই "যারোই ইথবীয়্."" অদুম্না হংলগা ঐঙোন্দগী লোইনা খংদোক্লবা তৌবা মাল্লিকো। নং য়াম্না শিংবা মীনী হায়দুনা বাবানা হায়খিবনী। হোয়, চূম্বা তাই, অচৌবা Officer অমনা শিংদবা য়াত্রা? Pনা নোক্লগা হায়রকই Officer ঐদি নত্তেকো, থককসিনা ওইজরবস্থ ঐদি নত্তেকো। Dr. নম্ন হায়রকই 'ঐস্ন Doctor কৌবা য়াদে" মত্রানী নোকমীল্লাখ। P অদুনা থাপ্না মীংয়েং অমা থোংনাও বাংমদা থমখি, ফনা কুইনা লৈরবস্থ মহাক কাদুদা য়েংশিন-লকখিদে, বাখল অমদা তাওদুনা লৈখি।

দ্রৌপতীবু মপুরোইবা মঙাগী ওইজরবস্ত্র সতী মীংথোরে। শকহেনবী, পেলহনবা হৈবী মুপীবু থ্বাইনা ইকাই থুরে। লুহোংদনা কর্ন কংজাখিবী কুন্তিবু সতীনী শিংথানৈ। মকম মতম চাবদা থুনাইনা মুপী ওইবীগী অশোনববু ইকাই থুম্নবী। অদুবু বাহংসিয়্রদি হংনীংলি, কুন্তী নত্তবী শকী গুন লৈতবী, নিংথৌমচা নত্তবী তোম্লবী চম্নুরা অমনা মত্রা চাংয়েং

তৌরগা মপাগী অমা ফংজরম্বা তারবদি মহাকপু সতীনী হায়বীরমগত্রা? অদুগা দ্রুপদ নিংথৌগী মজাইবেম্মা দ্রৌপদী নতবী অমনা গপুরোইবা মতা থম্লম্বা তারবদি মহাকপু লৈভাকলোম্না দন্দী পীরোইদ্রা? তিন শিংনফম ওইরোইদ্রা? অঙকপনি হে সমাজ, নহাকী চংনবী মফম অমদী মতমগী মতুংইন্না হেক হেক শেমদোকই। মুপীগী মমলম্ম মফম মতমগী মথা পোল্লী। — ঐদি ঙমজরোই লমচংতা অশোনবা লৈববু মুংশিবনা ভাকপীবা। ঐগী মুংশিবদি পোমশাংনবতা ভাইরীবা, থোইমু শউম ফংদ্রীবী তনৌরীবী লৈরাংনী।

Dr.না বারী কয়া লীরীবহুদা তপ্না তপ্না মরক মরক্তা মশাগী অনীংবা বাফম ফোংদোরকই। মথা ভানা P না বারী শারক্তে। ঙহাক চিকলুরবা তুংদা Dr.না ফুক হৌগৎলগা হায়রকই "Photo নম্বা লোইরে। তোঙ্গহুদা মরুপ্তু কাহুদ হেক চংলমই। Pনা হায়খি "Dr.না photo নম্বা লোইরে হায়রে"। মরুপনা শৎ হায়রকই "অদুদি photo পীরম্মু"। Dr. অমদি P কন্না নোকখি। মরুপনা ইথং হেক থংদনা অমুকন্ন হায়রকই "ঐনা হায়রবসি লানত্রা, photo নম্মবদি পীরম্মু হায়বনী। মবানী অমুকন্ন নোকখি। Photo নম্মবগী মচাক Camera কনাম্ন পুরক্তে, মফমদুদা লৈবস্তু নত্তে। করিগীনো Dr.না photo নম্বা লোইরে হায়বীবা? মহাক কৈদৌভৈদা Patient অদুদা মীৎচান্না য়েংবা ঙমখিদে, হোয়, মহাক মাগী Patient বু য়েংবদি তোইনা য়েংখিবনী। মাগী অভাওবী মমাংকী হৈনবী ওইরম্বা য়াই। অদুগা করম্বা photo? Dr.গী থম্মোয়গী মীৎনা উত্রবা মাগী Patient গী মাইথীরবা মাইথোং? নত্রগা কয়ম্বা মীৎকী ফুমৈ ওইবা য়াবা পোৎ কাহুদা photo নমখিবা লৈবগে? ঐ থংই, Dr.না মাগী Patient বু photo নমখিবদু য়াম্না ফজনা Angle তৌরগা focus চুন্না থমদুনা নম্বা মমদবদি থংদে, মহাকী থম্মোয়দা তং পানহন্দুনা লেংদবা মফম অমা থংফত্রবদু মাগী Patient অদুগী শকফম মীৎতা শাগৎখিবা ওইরমাল্লে?



নোংমা নিনিগী মতুংদা Patient অমা Dr.গী মরুমদা লাকখি। ৱারী কয়া শাৱৈ। মখানী য়াম্না নুংঙাইনা নোকমীরম্মি। মতাং অমদা Patient না Dr.দা হায়রকই, "ঐ Dr. গী ৱারীসি শাংনা ইবা তারবনীনা খরা কুইনা তিম্নবা তারমাল্লে" ? Dr.না নোকমী নোকমী লৈরবা তুংদা ৱাকয়তুদগী নাথৈরগা অনাবা খরা করম্ত্রা হংবীরম্ভই "হিদাক্কু খরা কাম্নত্রা', অনাবা খরা করত্রা ?" — "মতু খরা কাম্নত্রা খংদে" হায়তুনা Patient না পাওথুম পীখি। Dr.না নোকমী নোকমী হাইকেৎ অকনবা ৱাপকপা মানবা খোনদা হায়রকই "ঐনা হন্দক ইরীবা হিদাক্কুনা ফবা ওমত্রবদি ঐ মতুগী মমীং অমুক ইগ্রহোই"। নুংঙাই নুংঙাইরবা ৱারী কয়া শামীম্নরী। Doctor মশাগী Boyfriend কয়াগী ৱারীশু য়াওরী। পুন্সিগী Life Partner খনবদা নুংশিবদা য়ুমফম ওইগত্র ওইরোইত্র হায়বসিদা মরৈ কম্না য়েংনৈ। ইথং খংহৌদনা Patient তুনা Dr.দা হায়রকই "নোকনবতুনা ৱারীবনী" হায়নবা নৈ "নোক খেতুন্তা লৈরীবা মাইথোংত্ত খঙ্মোয়দা অৱাবনা পীক থল্লী" Novel অমদগী Quote তৌরগা লীতুনা খুদম পীখি।

Patient অমা Doctor গী মরুমদা তোইনা লাকখি। ইম্নুংগী মীনফাওবা চৌংনবা পোক্লত্রা খল্লি, লৈকায়গী মীৎয়েং থম্বা হৌরক্লে। Doctor অমা নুংঙাইতবা পোক্লম্বা য়াই। অমতু হাম্নগুম্না ৱারী অতমক নুংঙাইনা শাম্নরী।

নোংমদি Patient অমনা Doctor বু অতোপ্পা Hospital অমদা মাগী মরুপশিংগা চৎমীননবা হায়জখি। Doctor নম্বু হরাওনা য়াবীখি। হৌজিক্তি মফমতুদা Doctor অমদি মাগী Patient মীচম্নী। অনাবা অমদী অনাবম্বু শেম্নরীবা মীয়ামগা চপ মাম্নরে। Doctor নদি ভত্তনা মম্যাদো হম্না হম্না হায়জখিবনী মমীং চৎপা Doctor অমগী মরুমদা চৎলগা য়েংলবদি মতম মাংলোই, কুপম্নু য়েংবীনী। Patient না হংখি "Hospital দা লাকপা মীয়ামসে নখোয়না কজনা য়েংবীত্রা ? Doctor না — কজনা

য়েংবা ঙমদে হায়রবদি মী য়ামমছুনা ময়ামছু য়েংসবা হোৎলবনা থুনা য়েংই, ঙম্বা য়েংবা ঙমদে হায়জবনী। Patient, "অছুবি শেল পাইজদবশিংদি শিবা তারবরা কবস্ব। Doctor নো খংদে, অসিবু হায়রীবসে ?" Doctor ফরিস্ত থুমখিদে। মীংচনবা অহুস্ত Doctor মশানা তৌদবা য়াদবদৌনা পুম্নমক তৌগ্রে। Patient অছুদি থাম্না পোৎথাছনা মীয়ামগী ফুখৈ হেৎছুনা লৈগ্রে। য়েংমবগী মীং কৌশিলকপদা Patient ছুনা কা মঙ্গুংদা চংকমদাউদা Doctor না হায়কই "ঐস্ত চংলকে চংবীরম্মু"। অনাবছু কাদা চংহুনা Doctor অমনা য়েংবা হৌরকই, Doctor অহুস্থ চংশিলকই। হান্না লৈরম্বা Doctor ছুনা অকোনবা চংলকপা Doctor ছু অনাবা শেনরীবা মীচম অমদা তৌবা হৌনবা মঙংদা ঘাহং থগা হংথি। লাইবক-থীবনা অনাবছু Instrument তা Technical defect লৈবদগী মথা চংথবা য়াদবমা তোক্লে। মবানী কাছুনগী থোংংক্লে। Doctor না হংলকই "ঐথোয় ঙাই থংজ্রা ?" Patient "ঙাইরমোইসি"। Doctor - "ঐথোয়গা লাকমীরবা অতৈছু থীক্লসিরা"। Patient, "মকমদি খংদে, সুম কমছুনা লৈবস্থ ঙাইবা বানী থীক্লসি"। কনাফস্ত চংদনা মবানী চংলি। Doctor না ডতনা হায় "মীদ হংসিরা ?" P না নোক্লপদা তোকই, হায়দ হায়রুবগা থরা শুম চংসিদনা খংহৌনব। হায়রকই। Dr. "বানবা, নংদি মীবু বাহল্লগা মুংঙাই হায়বদাই ?" P-বাবরমে ? Dr-বাই। মবানী লম্বী লাগ্লে, অছুনা অমুক চনবা তাবে। Dr ছু বাখনা লোইরে, মথস্তা শোনজৈ "মুংশাসি শাগ্রেদা, হান্তিনস্থ পুরক্কে, পুজমকলমদোবু"। P-ঐদি পুল্সিদা সিদগী হেম্না বাবা মকম কয়াদা ডতনা চংথি, থঙইদনা হায়রকই। Dr-বাবমগনী। P-হোয়, মীয়ামস্থ অহুম্না অবাবনি ডতনা নংলীবনী। Dr—ঙশাইনা মী অতৈদা হংলবদি মতমস্থ মাংলোই, বাবস্থ বারোই, মীনস্থ অপংবনী হায়রোই। P-মলিস্থ চাংয়েং অমনী। ইবানী অস্থম্না নোংমতস্থ লম্বীছুদা চংমীরবা ফংথিদবস্থ য়াই। Dr - হৌজিক্তি পুল্সি-স য়াম্না মমল য়াম্বা তৌগদবা

থবক্তা পীক থল্লবা মতমনী। মসি অমেম্বাদা মতম মাংহনখিদ্রি কথে। Patient কয়িস্থ খুমক্তে, থদ্রি মতমবু অতুক মমল য়াম্মী থল্লিবী: হুপীসে, মতমবু কয়া কুপ্না শিজিন্নবগে? অদুগা তপ্না চায়খি 'হংবা পাম্মবদি নং মীশিংসিদা হংঙু। Dr না হংখি। মবানী মীচুনা তাক্লপা লম্বীদা অমুক চৎপা হৌখি। অদুবু মখোয় মীশিংদু থেংনখিদে। Dr না হায়খি, "মখোয় চৎলম্বা তাই, গাড়ী লৈতে"। P, চুম্বা য়াই, "অদুবু থাজবা ওমদে. ঐখোয়দা শোইদনা তাকলমগনি"। মবানী অমুক হলক্তুনা ওহাক মীয়াম মরক্তা কম্লে।

Manipur দা পোকচবগী অবাবদু তত্তনা থেংনৈ, মৈ লাক্তবনা পাক্লিবা fan শিংদু লৈতেংগীনি। ইমোং মোংলবা, নমথীরবা Hospital অদুগী মৈতৈমচাশিংনা চাওথোকচৈ। মক্তমসিমক্তদগী অনৌবা মহিক কয়া পোক্তুনা মী শিবা য়াবা মকম্নী। সিবু Hospital লা? P না হায়রকই, "মক্তমসি শাই, অদা চৎসি"। মবানী থোরক্লে, অতোপ্পা মক্তম অমদা লাক্লে। Dr কয়া পরেং পরেং চৎলি। P না হায়রকই "চৎলিবা Dr কয়াসিনা অনৌবা হিদাক অমা পুথোক্তুনা মীয়ামগী সেবা তৌগে থল্লমগত্রা? মত্রগা Car অমা তোংলগা মাগী family লুংঙাইনা হিংনবা অদু থক্ত। থল্লমগত্র?" Dr "থল্লরোই। ঐখোয়না হৌজিক্তা লেম্লা তলব লৌবা মীয়াম অমত্তু উরকখিবদুদি"। চুম্মী উরকখি, থবক তৌবনী লাক্লগা থবক লৈতবদগী Table দা ওারগা তুমক্লৌবা কয়া, কয়া অমনা Ludo শানথা, কয়া অমনা বারেম ওাংহৌবা। Manipur গী office শিংগী শক্তম্নী। থবক হাক্লোয়ু, হাপ্লৌ থবক লৈত্রবস্তু থবক শেম্মী। তলবনা কদাইদগী মীয়ামগী শেনক্তুদগী —।

অপংবা মীয়ামগী লৈবাক্তা, অশিংবনা মুংঙাইবা তাবনী। ওহাক বারী শাম্লবদা বারীগী মতাং অমদা P না হায়খি "ওশাইগী Dr নদ্রেদু।" Dr - হোয়। P - Dr অমনা Dr অমদা হংবা য়াহং। Dr দু মোক্তনা নোকমী ইকাইজনা লৈখি। P না হায়নীংখি "শক খংদবা মফমদা মীওইবগী মমল লৈতে, নংস্তু মাগুম্না তৌগনু" অদুবু হায়খিদে।

ইথং থংহৌদনা Patient অহু কনাগুম্বী অমা উরক্লুনা চংশিল্লগা কৌরুই "মেমচা কনা কৈদৌরে ?"

— ঐখোয় ইনমা নাবাগী, করে অহুনা য়ুমদা চংনবা গাড়ী তাইরীবা।

— ও, কনানা কৌখি

— সুসিলানা

— কমদৌরী সুংভাইরীব্রা

— সুংভাইরী

— নচেদি কমদৌগ্রে, থবক তৌগ্রবরা ?

— তৌ:দ, মাগী নীপাগী মতুং ইন্দুনা অহুম লৈয়ে

— য়চাদি -

— মরী শু:র। তামোদি হকচাং য়াম্না ফরী। ফিভমসু কায়দে, কুচুসু ফজরী। মীংসু ফরী, পোকসু হৌদে। ঐখোয়দি শাইসু মাইছীং কারে, পোকসু গৌরে, লোইরে।

— ঐদি নহাগী থবক তৌই অহুনা নহা ওইহুনা লৈরীনী। নংদি য়ুম শংহুনা অহুম লৈরেকো।

— হোয়, হায়রগা নোকনীরে। Dr দি মতমহুদা Piller অমগী মরুমদা ভাহনা লৈগ্রে। গাড়ী কৌরুবা মীহুনা গাড়ী মসুংদগী নোরুগা অমুকসু হয়াও হয়াও কৌরকই। P না থল্লি Dr সুংভাইরম্নবোই। চংলগে হায়-রম্নগা মবানী থোয়কই। Dr না থংলমগগ্রা, কনাম্নু লৈজদবা মরুপ মপাং লৈত্তবা মাল্লা উগ্রবা মীসে মাগী নরুবা মী কয়া লৈরমবোইরে। মবানী থা অমতসু ভাংনদে। P না তপ্পা হায়থি "কিরনগী মচানী"। Dr সু হোয় তপ্পা হায়থি, মথা তারকখিদে। মহাক বাথল অমদা লুপ্পী, মীসিবু মী অমগুম্না হিংলমগ্রা ? হায়রবদি মীয়ামগুম্না কে মৌবগা লোইনবা মাগীসু মী কয়া লৈরমগ্রা ? চহি অমা হেল্লা উগ্ররানী, কনাম্নু লৈজদবা তুমীননা শীগা কৌনা থোৎনা তৌদনা মীয়ামদগী তোখাই তাবা মীওইনা, অহুগা শুসিনা ———।

হোয় লৈরম্মী, মতম অমা অকে অমৌগী, মীংথৌবী কয়াগী ইরা লক্তা মহাক লুপ্লম্মী। লৈবাকসিগী মীয়াম্মা হিরম কয়াদা শকথং মাইথংলরবা, ইকাই খুম্নকম অমদি লেমজনকম ওইরবা ইগুং কয়াদগী থোয়কপী শকহেমবী কয়াগী মহাক মরুপনী। ইনাক কৈরাক থুনবগী ইথক ইরাংদা মহাক তাওরম্মী। মহাক ফজববু পুন্না তৌজবা মীনী। নোংমা মরৈ অন্না তৌনখি, মুপীশিংনা লীপসতিক থাবগী মতাংদনী। মচাক্লা হথ। থাজদবা হায়রকখি "চোকলেত মচুগী লীপসতিক থানা তৈবীবী তবারবী চিনবান্দুনা চুপলম্বগী চাংগী কপ্তা লৈহৌবা মমীছু য়াম্না ফজবনী"। থাজদবা থাহৈছুদা মীয়ামগু ওক্লা অমগা অমগা য়েংনখি। মবানী গাড়ী অমুক ভাইকবা তৌদমা অতোপ্পা গাড়ী অমা থাইরগা লাকমীরঃরে। Pharmacy অমগী মপাদা Dr কুমথহৌরগে হায়ছুনা কুমথরে। P না হিদাক থবা হংলগা চংনবা হৌগংলকপদা Dr না হংলকই. "গাড়ীগী শোদি মখোয়দা য়াওবম্ননী, অতোপ্পা গাড়ীছু কমদোনা পুদৌরীনো"? P-"থংদে, ঐ মখোয় ভাইক্লগে চংলে" হায়রম্লগা চংখ্রে। য়াম্না থানা ভাইরবা তুংদা মীশিংছুগা থেংনরে। মখোয়স্থু শাওরে। অনী, অঙ্গংলক থীক্লবদা থংদরে ভাওত্রা হায়ররে। P নস্থু থীবা থংদে হায়রে। কনাস্থু লানখিদে। P অমদী Dr মফমছু থংদবনা চংলমদে। অছুগা গাড়ীছুস্থু ত্রাইভরছুনা অগী থংনবা কনাস্থু লৈজদবা অনাবা অমবু ওহাক থীনবীক্লবনী, মহাক্লা থনবনা মখোয় পাক থোরক্লোই মখোয়না য়েংলীঙৈদা মানা হাম্না লাকনী থনবনা তাক্লমদবনী। অস্থুম্মা খোংচংতু মাইথীরগা লোইশিনখি।

অনাবা মীছুগা Dr ছুগা থেংনখিবা অমদী নকশিনখিবা মতাংছু অনীমক্তী পুন্সিদা য়াম্না কণ্ডাওনবা পুন্সিগী তাংকক্ অমদনী। অনাবা অছুগী থম্মোয়গী অকনবা লায়না হৌরকপা মতাংছুদা মহাক্লা থনখি ছুংশিবা হায়বসি কররিনো? মসিবু লৈত্রা, লৈতত্রা? মরুপ হায়বছুগী থাজবা য়াবা কররিবু লৈরীবগে কম্না থন্দুনা মহাক কণ্ডাওনখি। মহাক হংরগী মরুপ মপাক

পুম্নমক্কী লোম্পা পামখি। পুম্নমক কাওথোকপা পামখি, হৌগ্রবা পুন্সি, খুনাইনা পীরীবা ইকাই খুম্নবা, মশামকপু কাওনীংখি। মহাক কৌইচেন চেনখি, কোইলোৎ লোংখি। ইকাইখি। ইকাইবহু অহিংবা মীহুনা খাংবা ভাখি। কৈন্নু লৈতবা থোদোক অমা ওহনা মীয়াম্না উগ্রবন্থ, মহাক্কীদি পুান্সদা শিংনবা অমনী। মীয়ামগী মীৎনা উবা ওমগ্রবা অৱাবা অমা মাগী থম্মোয়দা লৈ। মহুদি মশাগী ইকাই খুম্নবা ঙাকচবা। মহাক করিগুম্বদন্থ মশাগী ইকাই খুম্নবদি কৈদৌঙৈদা য়োন্দুনা চাবা পামখিদে। পৃথিবী পুম্বগী নিংথৌরেল ওইম্মু হায়রবন্থ মহাক মশাগী ইজৎ মাংগদবা ওইরবদি মহুবু মহাক হয়াও হয়াও থাদোকদবা মীনী। ইচম চম্না উগ্রবা মাগী মওং মতৌ মহাক্না পামজনা চমথোকচগ্রবা পুন্সিগী শক্তমদা অমুবা মচু অমা য়েকশিনবীগ্রে থল্লুবদা ঋাম্না নীংবা কায়খি। কনানন্থ থাজখিদে, ইচম চম্না য়ানখিবা ঋাকম অমনা পুন্সি অমদা কয়াদ চৈথেং পীগ্রবা? অচম্বা মানবা মীহু চমথোকম্নখনা চম্না উখিবনী। মহাক্কী মীয়াম্না উবা খংবা ওমদবা পুান্স অমদা হিংলিখনী। মকম অমদা মহাক পুম্নমক কংই, ইকাই খুম্নবা, মীয়াম্না হুংশিবীবা, মীতানবা। মাগী পুম্নমক লৈ, খুনাইদ মাগী মফম লৈ। মীয়াম্না থাজবীব', হুংশিবীবা। মহাক্কী লৌশিং থোই, বা ঙাংবা হৈগ্রবন্থ ভাবীনবা লৈ। হিরম কয়াদ মহাক খংই। মহাক্কী পুন্সিগী থোংথাংদা হুংশিনা কদাইদা শোইখিনী শেম্নবীবা কয়া লৈবন্তুম্না অশোইবা মতাংদা য়েংশিনবীনবা মীওই কয়ান্থ লৈ হায়বসি মীচম্না কয়ম্না খংলুনী? থোইদোক চেন্দোক্না তোপ তোপ্না মীওই অমিগী পুন্সিবু নৈনবা মীওই লাক লাক লাকখিনী হায়বসি কনানা হৌজিক খংবা ওমলুনী।

**Political Assassination** গী ৱাহন্থোকপু মীচম মথোয়না খংগত্রা? **Political Assassination** গী ৱাকমবু Vote থাদবন্থ হৈতবা মশাগী Vote য়োন্দুনা চাম্নবীবা মীচম কয়ানা কয়ম্না খংলুনী? Politics হায়বসিদি মীচমগী নত্তে। লৈঙাকলোনগী অকুপ' মথোলবু মথোয়গী ৱাখলনা

পাক থংজবা নত্তে। য়াম্না মুংশিনীংঙাই ওইবা মীচমগী পুন্সিনী।

মুংশিবা, মুংশিদবা মপুং ময়ৈ কারবা মীওইগী থাখল য়ুম্বালবা তাই, তুংগী পুন্সিদা ইচা ইশুনা ঐবু থাকপীনবা, নায়ক যেকলকলগা মুংশিনা য়েংবীনবা। মতুংগীদমক্তা মথোয় থাবা তাই, মুংঙাইবা তাই তাইবংগী চংনবীনী। চংনবীসিগী য়াংকেন শক্ত ওইনা মথোয়গী হিংনবগী লম্বীদা মুংঙাই য়াইকবা মীয়ামগী ওইনা পীবা ঙমলীবদি লৈঙাকলোম্নী। মীচম অমগী হৈশিংবা, নমতুংপা থৌগংপসু লৈঙাকলোননী। মসিবু চমজরীবা কয়ানা কমদৌনা থংগনী? মথোয়গী থাখলদি মহাক অমলী মাগী মশাগী ওইবা নক্লবা মী থরগীদমক্তনী, মীয়ামগী নত্তে। অরাবনী অশিংবা মীগী অরাবতু Socratic, Samual, Hahnemann, Christ, M.K. Gandhi নচিংবনা মীওইবগী কান্নবা হোৎনরুবগী ফংখি। অশিংবা মীশিংদি অপংবা মীয়ামগী মথুংতা অরাবা তাবা শোইত্রবনী। অতুননী মহাক শিবা তাবনী। মাগী মরুপ অতুনসু অতবু থংলমগত্র। থংলগনা মহাক থংনা থংনা Assassinatc তৌগে হায়তুনা তৌবীবরা? অনৌবা অপাম্বা অমদী মুংশিবগী থীংঙমত্রবা ঈচেন্সতুন; কনখিবনা চমলবা মরুপ অমবু হাংলমলে। মসিবু মরুপ শান্নবগী মহৈরা? ইচম চম্না লৈখিবা মীওইতু মহাক মশক থংবা ঙমখিদত্রা? থংনবা কয়াসু তাকখিবনী পুন্সিগী অরাবা মুংঙাইবা কয়াদা থারী কম্না লীখিবনী, চম্নবা পুন্সি অমগী চংকদবা পুন্সি লম্বী। মরুপ অতুনা পুম্নমক্তু থওইদবদগী কাওথোকপীখি। চুম্মী, অরীবা লীপুন্দগী অনৌবা লীপুন্না কনবা হেনবনী। করে, অশুম্না কঙাওনবা মতমতুদা লাইবক্না তম্বা হায়বতুবা খম্মোয়গী লায়নাতু কম্না হৌখিবনী।

পুম্নমক লৈরীবা মহাক্না পুম্নমক থাদোকপা তাখি। Manipur গী অকাওবা Doctor কয়ানা family Doctor ওইবগী থুদোংচাবা ফংলীবা মানা মথোয়বু য়েংহনখিদে। হৈশিংবা মথোয়গী মীৎয়েং অমদী থৃংলাইগী Hypothesis কয়াতুদা মহাক মাইয়োক্নবা পাযখিদে। মাবু থংবীত্রবা,

মহাকপু কনানো শুকথং থংত্রবা মক্কম অমদা মহাক্না মুংঙাইনা চিংনিংখি। মতাংচুদা থেংনখিবনী Doctor চু। Doctor অচুম্ব অপাম্বা অমদী মুংশিবা কয়ানা লাঙ্গোই চনশিলকপা মতাংচুদা মপুক্সিগী পোৎথাকম থংদবনা মুংশিবীবা অমদী অপাম্বা য়াওদবা অশেংবা মুংশিবা অমা থম্মোয়দা কল্লা থীরকপা হাযবদি মরুপ অমা কল্লা থীরকপা মতমদনী। মতাং অচুদা নোংথাং অনিশুম্না থেংনাথ মথোয়নী। উম্নখি, মরৈ য়েংনখি, বাহৈ খুদিংমক অমনা অমগী মাইয়োক্তা লৈনখি। অচুবু য়োৎচাবী অমগী মশাদা য়াওরীবা South Pole অমদী North Pole শুম্না মবানী লৈখি। লৈবা তাখি। Doctor না নোংমা হায়খি, "North Pole অমদী South Pole লৈরমত্রবদি অনীমক্কী মরক্কী অরাম্না (Distance) করম্না থংলমগনী? ভকচাংগী Part খুদিংমক্তা য়াম্না থেৎনরীবা মুপা অমদা মুপী অনী পুন্সি চুপ্পা মরুপ ওইরীবসি উবীরবা নত্র? ইবানী হিরম খুদিংমক্তা য়ামত্রবস্ত য়ানবা অমদী লৈবা তাবনী। ঐনা হায়জবস্থ য়াবীবা তাবনী অদোম্না হায়বদা য়াও, মীনা হায়বদি তারোই হায়বচুদি কদাইদগী মরুপ শাম্নবা য়াগদগে? খরম্ব Striaght ওইমনত্রে, অদোমম্ব থম্ববীয়ু অচুক শিংবা অদোমদা করিবু তাক্নীংঙাই লৈবগে?

Patient না হায়রকই, — ঐদি য়াম্না পংবা মীনী।

— ওইদবা ঙাংবীচুনা ঐবু শাওহনবীচুনা ব্যাবাহর কায়হনবীনবা হোৎনবীরগা ইরাল শিবীগেরা? বারৌনা হায়রকই

— অওইবরনে?

— অওইবনী। মবানী নোকমীম্নখি।

P না খোঙ্গাল হৈবী অচুগী চানবীখিবা মীৎকুপ্প পুক্সিদা কাওক্তমলোই। খোদোক্ত অসিনি, নোংমা Sunday অমগী অঙনবা অয়ুক অমদা P অচু অঙাওবশুম্না Dr.গী মনাক্তা লাকখি অচুগা হায়খি "নং ঐঙোন্দ হিদাক অমা পীয়ু। Dr. — করি হিদাক্কো?

— ঐ পোৎথাবা পাম্মী, পোৎথানবা।

— পোৎথাবা হায়বসি হিদাক চারগা হেক্তা পোৎথাগদবা মস্তে। মসিদি কাওহনবনী। হৈনবোইদোবা, মুংঙাইয়োইদোবা মকমক্তু উপাই অমা তৌরগা থাদোকপীয়ু। মীহু উরগা থোইদো শাওগৎক্কদবা ওইরবদি মাবু উম্মদনবা, থেংনদনবা হোৎনবীয়্ন। হিদাকপুদি লৈ। হিদাক চাবা হায়বসি মায়ীমথৈ তৌদনবা হোৎনবীগদবনী। করিগী অস্তুক মুংঙাইবীর্বনো? ঐত্তোন্দা লীথোক্লগা ফগদবা ওইরবদি লীথোকপীয়ু। Patient করিস্সু খুমখিদে, চোকথরবা পুন্সি অমগী নীংহম্মরবা থৌনা য়াংগ্রেবা মীওইগুম তুমিল্লা Dr গী Chamber অহুদা লৈখি। ওসিগী হিদাক চারত্র' হংবীরগা হিদাক পীজরে। অহুগা যায়ঃ লুনা তৌবীহুনা মহাকপু পোৎথাহল্লে। অতোপ্পা Patient কয়া লাক্লীবহু য়েংহুনা মহাকী তৌকম থোকপা মথৌ তৌরুনবা P হুদা হায়রল্লগা থোকগ্রে। Dr অহুনা হংক্লগা হায়রৈ — "ওসিদি চাক চামীয়প্রসি -"।

Patient — ঐবো।

Dr —"হোয় হাওবদি হাওরোই অহুবু পীজনীংই", হায়রম্লগা ফজনা শেম্লবা চাকলুক পুহনা থোরক্লগা P গী মমাংদা থম্লরে। অওকপনী পুন্সিদা কাওওমলোই, P না পামজৈ হায়খিবা য়েনশাংগী মথেল কয়া করম্লবু থোংলুপীবা? মরুপকি য়ুমদা বারী শায়রবদা য়াওখিবা P গী পামজবা মথেলশিংহুবু থাজদনা নীংশিংবীরম্বা অওকপনী। কয়াম্ন লুনা তৌবীগ্রে অরাং অপা য়েংবদা কয়াদা মীং না শিংগ্রবা মাগুম্বী অতাংবীনি। ইমুংগী মীশিংগী ইচম চম্বা, মীয়োক মীচানা ফবহুনা কয়াদা থৌনা হাপগ্রবা?

মসিদম্লু নস্তে নীয়াম মমাংদা নোংমম্লু থৌদোক অমা থোকখি। অনাবা কয়ানা চিক্লা চাইনা ওমদনা লৈবহুদা P হু মরম লৈতবা কুইনখ কম্বম্লু হৈন্দবা অমা পোকলক্তুনা চংলগে হায়হুনা হোৎগংলকই। Dr না ইথং খংনা চৎখিবা য়ারোই হায়রগা লম্বী থৎখি। মবানী মীৎচায়খি। মতৌহুদা

P অহু Dr দা মুনা য়েংলগা তৌকম থংদনা অমুক কমথখি। অহুগা মীয়ামছুদা কোইনা য়েংখি। Dr অহু মশানা মশাবু মশক থংজরকপজৌনা মীৎয়েং থৈদগা লম্বীছু খাদোয়কখি। Patient লুকথরগা করিম্ব হাজ্বরমদনা ঙাখলনা কণ্ডাওনমা চৎখি। খনখি মীয়ামছুনা করি থলমগনী? অয়াম্বা মতমদা মশাবু অহুক চেকশিনজবী মহাক্কা ঙসিদি করি? Hospital দা থেংনবা কয়াদ তত্তনা উশিন্নখিদবনী। করিগুম্বা মতমদম্ব থৈদগা চৎখিবনী। তাক্কানা য়াদবদা থেংনবা তারবম্ব লমলানবা, লকথংদবা অমগুম্না তৌরম্বনি। অহুগা ঙসিদি ——— ?

মালেমদা ফাওখিবা লাইপোক ওইখিবা মীওই কয়াগী পুন্সিদা লেংদবা চক্ক্প অমদী অহুমক মহাকীদমক্তা মপুন্সি কৎথোক্তুনা লৈবা তাই। মহাত্মা গান্ধীনা কাষ্টুর্বাইগী কৎথোকপগী মহৈনা মহাত্মা ওইখিবনী। গান্ধীনা তমখি কাষ্টুর্বাইদগী মপুরোইবনা ইস্তোকপীরবী অমনা মশাগী ফংফম থোকপা তানখিবা। মতাংছু অসিনী অশেং অমাং খাইমবী হিন্দু ঘুপী অমনা মীগী কত্তবা শেংবা পামখিদে। শাওরবা গান্ধীনা মহাকপু ইস্তোকপীখি মগুমদগী। মতমছুদা কাষ্টুর্বাইনা হায়রখি "ঐ নংগী মুপীনী নংগী নফম অমদী লৈফমদা ঐগীম্ব লৈফম্নী ঐ কৈদৌহুংদা নংবু অমদী অফমসিবু থাদোক্তুনা চৎলোই। ইচম চম্বী মুপী অমগী ইচং থৌবী বাহৈছুদা মগাক ঙকখি। চুম্মী য়াবা তাই। খনখি থম্মোয়দা ভারতকী নীংতম্বা তানবা তাই British শিংদা থংহনবা তাই ভারত ঐথোয়গীনী মথোয়গী নত্তে। ঐথোয়গী ইরৈবাক ইশানা ঙাকদবনী মথোয়না ঙাকপা লাম্নী। পাঙ্গল কনবনা অচুম্বা লকপ্রবম্ব উইম কনবনা ওম্বা তাই। [illegible] হনবা তমজরবী কাষ্টুর্বাইগী ইচং থৌবী থৌনাগী মচিন থৌরবী বাহৈ "ঐগী ইয়ুম্নী, ঐ নংগী মুপীনী। ইপুরোইবগী য়ুম ঐগীম্নী"। গান্ধীনা তমখি "অহিংশা মুপী ওইবীদগী, মমা ওইবীদগী"।

মী অমগী মশাগী ওইবা মুঙাইবা পুম্বা কৎথোকপা তাখি মীওই হমী।

মীওই অতুনা অমুক মশামক্কী পুম্নমক কংথোকপা তাই মীয়ামগীদমক ——। মতমতুদা ‚মহাক মীয়ামগী লমজিংবনী, লমতাঁকপনী। কনানম্না খংবা ঙম্মদে, কংথোকপগী অচৌবা দানতু, কনানসু মপুন্সিদা তৌবা ঙমখিদে Patient অতুদা ——। Patient অতু মপুন্সিদা ফজবাখিবিক্কগী ফজবী কয়া, নীংথীবী খিবক্কগী নীংথীবী কয়াগী সুংশিবা চানবীবা কয়া কয়া পুন্সিদা ফংগ্রে, মখোয় কযা অমনা মতাক্কা মরূপ ওইবা ফংদবদগী তেংথা নাওইনা ফংগ্রবনী। মীওই মুপা মুপী কয়ানা মাগী য়াকা ঙাইগ্রবনী, ঙাইরীবনী। মীয়ামগী মবক্কা চোকথরবা মতমদা আশ্রমদা চংলগে কোংদোক্ল্বদা নীংবা কাযরবা মরূপ অমনা হায়খিবনী "নংদি অ'শ্রমদা চংলবসু য়ারোই, নংদি মফম কৈদা চংলবসু কাম্নরোই, নংদি মীয়ামগীনী মুংঙাইবা হায়বতু মহাক ফংগ্রে। মীয়ামগী মুংশিবা পাজবা হাযবতুসু ফংলী। মতুগী অরাবতুসু ফংলী। মশা মথন্তগী ওইবা মুংঙাইবা হায়বদি মীচমগী ওইবা মু'ঙাইবা মহাক ফংবা ঙমদরে। চম্না ইংনা হিংবা, মুংশিবা অমদী ফজবগা ইরোইনবা থাজবদা য়ুমফম ওইবা পামজবা পুন্সি অমদী মাগী মাংজগ্রে। মাং তুংদা লৈখীবা অথীংবা কয়াবু নমপেক্কবা মাগী পোনা লৈতে। অতুগা করিগীনো মখোয়না ইচম চম্বা মুংশিবা অমবু অতুক লাম্না সোরীবা? কংথোকপগী লংলবা মঙাল অমবু করিসু লৈতনা খল্লিবা? নোক্কীংবা বানী। বাবীনী হায়খিবনী নোংমা নহা ওইরীবী মরূপ অমনা। Patient অতুদা হায়খি "হৈশিংবা নহাক্কী মহৈগী লোইনাইগ্রবা লৌশিংগী লন অহুদা মীওই কয়ানা চংশিলকই। অতুগা তাম্নরকই নংগী অঙকপা বাথললোন অতুগী অথুম্বা থংনবা। মসিদা নত্তনা তৌবা ঙম্বা নহাক্কী থোনা অতুদা মখোয় শুমহৎখিতুনা নঙোন্দা অঙকপগা লোইনম্না য়েংলকপা মীৎয়েংতুবু লাম্না লৌতুনা মুংশিবনী খল্লুবরা?"

থাবল ফরবা অহিংশিংদা থাবলগী মঙালদা ঙাওজবা তাইবংনা শোয়ে, থাবলসি ফগ্রেদা, থাবলসি ফগ্রেদা ——। খল্লুদে থাবলগী মঙাল নত্তে, থাজগী মঙালনী, থাজগী মঙাল ——।

Doctor তুনা মাগী Patient অমু মশক থংবা ঙমদ্রমাল্লে। P না হায়খি— ঐবু মী পুম্নমক্কা কি। অদুগা মী থবদি কিদবে, মসিগী ঐ ফুংঙাইত্রে। ঐগী করিগুম্বা থবা মাংগ্রমাল্লে? Dr না নোকমী নোকমী হায়রকই "ঐদি নংবু কিদে শাওনীংলবস্তু শাওজো। P — করিগীনো? Dr — কৈদোবগী কিদোরীবনো? নোকমী নোকমী হায়রী। অদোম্ব কিবা নত্তে ব্যাবাহর তৌবনী। P—মরম পাম্মী। Dr — মরম লৈতে, হোয়, নোংমা কিরকপস্তু য়াই। তৌজিক্তি কিদে। P- কৈদোবগী? Dr- ঐ নঙোন্দা শুকয়েং য়েংদে। মবানী নোকমীরখি। চুমদে, ৱাফমসি তশেংনা লানখি। Doctor গী Chamber দা Patient বু মাগী মরুপকী মমাংদা তোইনা য়েংখি। মবানী তশেংনা মীৎচাম্নখি। য়াম্না তোইনা মীৎ চাম্নখি। Patient না মীৎয়েংচুদা ঙকখিবনী, মাস্থ তোইনা য়েংখিবনী Doctor চুগী মাইংখোংদা অমদী মীৎয়েংচুদা। থীখিবনী করিগুম্বা থবা মীৎয়েং অমদী থম্মোয় করি মরী লৈনৈ থনখিবনী। অঙাওবী মীৎয়েংচু ঙাসদি মাংখ্রে। কয়াদা থোনা কথ্রবা, কয়াদা ইচং থোৗথ্রবা? মসিবু করিদগীনো, কমদৌননো? অমংবা নোংচু চুগদোরীবরা নত্রগা মংলম্নগা অচুমক তোকখিগদোরীত্রা? ঙহাক চিক্লুরবা তুংদা Patient না হায়রুই "Photo পীরকউ হায় মরুপ্পা"? "Doctor নোকতমক নোকই, পাওথুম পীদে। ৱারী শুম শান্নরকই, মতাং অমদা Doctor না হায়রকই "ঐ নংগী ৱাহৈ থুদিংমক থম্মোয়দা Record তৌচুনা থম্লীবনী। অচুগা নংগী মরুপকীনা Photo নম্লীবনী। ৱাফমসিমক P না মাগী মরুপ্তা হায়রুবদা মরুপ্পা য়ানীংদনা মঙক্ হায়রচুনা হায়রকই "নত্তে ঐগী ৎইরবদি Negative শোইদনা লৌতৌগদবনী। নংগীনী, ঐগী নত্তে"। P না হায়খি "মচিম্না হায়রক্লবনী"। মরুপ্পা হায়রকই "হায়নীংবামথৈ হায়জসম্মু থাজদে"।

P না Dr দা হংখি "অমাবা মীশিংবু নথোয়না কমদৌনা থংগনী?" Dr — ঐথোয়না মীশিংবু মথল অহুম থোক্না থাইদোকই। P —অচুদি

কয়ম্বা মথলগী মীনো ? Dr নোকমী নোকমী লৈখি, পাঙথুম পীরকখিয়ে। Dr অদুনা P অদুগী বায়ৌ কয়া তায়গা লোইরকপা মতাংদা মশামা মশাবু য়াম্না হুম্বা মওংদা হেক হেক হায়বদু তাবদা য়াম্না হৈনদবা ওইরা থোকখি। মশানা মশাবু করেম্নজবা মওংতুদা য়াম্না পেন্দবা পোকখি। তত্তনা থনখি "মীসিবু কয়ম্বা মথলগী মীওইনে"। পুম্নমক থংবা মানবা মানা কয়াদ ফজনা ঙাংলীবা। চাওরবা মাংলেমসিগী থোদোক বাথোক কয়া মাগী পীক্লবা কোক্তা পুরী। মশাগী তোপ তেংপ্না মীৎয়েংদা মানবা য়েংলী মুংশিবা অমদী পুম্সিগী শক্তম। মুংঙাইমগ্রহুনা Dr না থেমজমবীখি কজ ফজরবা নহাক্কী পাওতাক কয়াদা ঐ কয়াদা থবাই য়াওনা তাজক্লবা তুংদা নহাক্লা মথোং মরম থংদবা, শমনদবা বাহৈ থয়া চেক্তা চায়রকই, কখিগীনো ? ঐবু কয়াদা মহুনা বাহনথ্রবা, কোন্দ চিকহনথ্রবা ? কখিগীনো অদুম্না তৌরীবা, ঐসু হৌজিক্তি হৈনরক্লে, কাননবদা লৌহৌবা, কানদবাদি থওইনা তাদবা। অদুম্না তৌহুনা ইশানা ইশাবু হুম্বনা থনবীহুনা পুম্নিবু করেম্নবীগম্নু। হিংববু অর্থ থোকহনবীয়ু। P না থনখি - পু'ম্নগী অর্থ করিনো ? হিংবগী অর্থ হায়বদু কদাইবু কৌবগে ?

মহাক্কী লুহুপ য়াওদবা নিংথৌনী। মহাক্কী পুম্নমক লৈ। মহাক্লা হেক তাইকংদা থোংদারকপদগী হৌজিক কাওবদা মীকুপ অমত্তু ইমুং মনুংগী হিংনবগী মরমদা থন্নদে, থন্নবগী মরমসু লৈরমদে। হিরম কয়াদা তেংবাংবীনবা মীম্নু বাৎলমদে। অদুনা হিংনবা হোৎনজরীবা মী পুম্নবু মশাগী ওইজবা হেম্না তানবনী থন্দুনা মথোইবু মহাক্লা মরাল শিক্লবনী। তশেংবদি মহাক্কী পুম্নিগী হিংবা হায়বদু কারম্নু থংদবা খ্বাইদগী পংবা মীওই অমনী।

থংদে ঈশ্বরনা মীওই থরবুদি মপুম্নিদা অওক্কী মতিক মুংঙাইবা শেম্বীরমলে। মহুদি মথোয়দা মুংঙাইবা হায়বদু পুম্নমক কংহনবীরে। অদুবু অরাৎপা অমদী মথোং হক্তবা লমচৎ অমদী অদুমক শাগোনবা উই।

মাগী মথোং হুক্তবা লমচং অহুদা Dr অহুনা হৈনদবা খরা উৎখিমাল্লে। য়োংমতন্থ মপুন্সিদা মাইথো চায়বা য়াক্তয়ক্ত্রোবা মীওইসে মরূপ অমনা মাইথোবা শীরম্বদগী মথং মথং মাইথোয়বনী খনজখি।

চুম্মী মীওবদি Social Animal গী, Group নী। মথন্তা হিংবা ছমদে, হিংগদবনী মাগী মরূপ মপাংগা পামজ্রগা উমং রামংদা অহুন্থ শা কৈ কয়াগা মরূপ ওইবা তাই, মহৌশাগী উহৈ রাহৈদা হিংনবা তাংজবা তাই। মীওইবা অমতনা মতোমতা তৌবা য়াবা খবক খরা তাংই, অমনা অমগী মতেং পাংনগদবনী। মতাংশিদা P শী মরূপা তত্তনা হায়খিবা রাহৈ অমা নীংশিংলকই "পুন্সি হায়বসি মকম কোনবীনী, মরূপ মপাং চায়বসি মরুম কোনবীদা য়াওয়ীবা মকমশিংহুনী, হিংলীবমথৈ ঐগীদি কা ছকহাং হাংহল্লোই।

মরূপ-মপাং কয়ানা খম্না লৈরম্বা অমদী লৈম্নীবা মহাক্না কনাগী মকাদা য়েংখিত্রি, যেংকে হায়নন্থ খল্লদে। মহাকীদমক্তা মপুন্সি কৎকে হায়হুনা হোংনখিবা কয়াদা হিংঙু মীয়ামগীদমক্তা হিংঙু হায়বা পাওতাক তত্তনা পীখিবনী। পুন্সিগী লম্বী অমদা উম্নবা নক্তনা মকম কৈদা উম্নবা কংলয়োইদবা মীওইসি নোংমদি করিন্থ নক্তনা মরূপ অমনা মশাগী ওইজবা য়েংবতনা থাজবা হাংখি। অহুগা অমুকস্ত হায়রী মরূপ মপাংগী হৌনশানী। চুম্মী থাজবা হাংপা হায়বসি তিম্নরমত্রবদি চায়বদি মরূপ মপাং ওইরমত্রবদি খোকলয়োই। মরূপ ওইবগী তাংলবা, শেংলবা ময়ী অহু তশেংনমক ওইদবতা তাংলবী অমগী মকমদগী কংকম খোক্তবনী। মসি য়াম্না ইকাই-নীংতাইনী, মরূপ অমনী হায়হুনা মীয়াম মমাংদা লৈনরুবা। কয়ে, পীরুবা মশাগী ওইজবতা য়েংলবা মীনা করম্না উরুনী রাংলবা ওইজবতা থাদোক্লবা মীওই অমগী থম্মোয়গী শেংলবা শক্তম। তত্তনন্থ তাকখিবনী ঐদি নংনা কংলোই, কংগে থল্লবদি মীয়ামগী ওইনা লাকউ। মহাক কাওখি। খনখি মাগীদমক্তা হিংলিবনী মাগীদমক্তা—। চুম্মী, মাবু পেলহনবা থাদোকখি,

য়াম্না থাদোকখি। মশাগী ওইনা করিস্ত্র থাকদৌরে। অত্তবা মীনা ঙক্লি। "কব্রিনো কব্রিনো তৌরিবসি করিনো? মহাক ভাক্সবমাক্লে? ভাওরব্রগে?" থংনা থংনা ভাওবা মালহনখি। Patient গী অঙাংবা মতৌচুদা মীয়াম্না ঙক্লা য়েংলখি সুংশিবীরা কয়ানা। তত্তনা পাওতাক খাঁখবনী, "কৈনা তোকপা পোক্কবনী, চৌকম শাংকম থংনা তিঙ্মো।" মংমদুদা মহাক খম্ভুখিদে। অঙাং ওইরিবৈ লাইরিক্কী পাওতাক্তু, তত্তনা নীংশিংখি, "লৈথোমদগী হৌবকপা থম্বালগী লৈনাবা লৈথোম পাডে"। অদুবু মহাক অসিমদি নীংশিংবা ঙম্খিদে লৈপোত্তা অতনবা ঠিংথং শুনাপকুম্না পান্দ্রবস্নু থোক নৌবদী নত্তে। অদুগা মসিনস্নু মহাক হন্থবা যৌদবা নভুগা থংনা থংনা তৌবা ভাখিমাক্লে। থম্বালগা মরুপ ওইরবদি লৈথাম তৈবা নত্রগা ঈশিং চোৎপদি মশানা ভাবনী। হায়রবদ লে ভাঙ্লা চৌরীবা মনমদুলনী। অরোনবা পোদোক ব্রাথোক্লা থম্না লৈরবা মকংদুদা মক্লা করি থীরুবনো? মরুপ মপাং ওইবগী অফোংবা কৈপেল্দা য়োনবদা শিংলরোইদবা অরোনবা পোদোক কয়াগা করম্না মমল তৌরগনী।

অদুবু থম্মোয়দা লৈরবা পাক্রবা ঈপাক নোংমদি ঈথক হৌরকনী। মরুপ অদুস্নু হুরাওজখি, অঙাংবা মতৌচুদা। মহাক পেনখিদে, পেন্দবগী নরমস্ত্র লৈখি। অঙাওবদুনা তত্তনা শোনখি "ঐদি মীয়ামগীনী, নংমা ঐগা মরুপ ওইবা পান্নবদি নহাক পুম্নক থাদোকপা তাই, থাদোকহন্দবনী। চুম্মী, পুম্নিদা মীওই কয়া মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙমগ্রবগে? সুংশিবগী-দমক্তা থাদোকখিবা মথোয় থরগীদমক্তনী ঐথোয়না তুংশি য়াগী ইরীবা, শক্তা শোন্নরীবা। মরুপ অমনা মরুপ অমগীদমক বদাই ফাওবা থাদোকপা ঙমগদগে হায়বদুদি থরা তাংনা পোকই। মথোয়দুস্নু অইবশিংনা থম্মোয়দা ভক্তী তৌজগ্গা লোইনা ইজরীবনী। হে থম্মোয় চাওরবা, নথোয়গী কংথোকপগী হনবা লৈত্রবা পৌমাচু পীবীয়ু। মদুদগী লাকনী লে ইমত্রবা মীওইববু সুংশিবা "মীয়াম্বু সুংশিবা——"।

Doctor গী Ouarter গী মমাংদা লৈরীবা পীক্লবা লৈকোল অদুদা Patient দুগা ৱারী শান্নমীন্নরী। অদুক্কী মতিক মবানী চান্নবা মানখি। অয়েংবা মীশা কনক্লবা পোকখি। Patient অদুগী মরুপ মপাং কয়ানা হংখিবনী মহাক অদি কনানো? য়াম্না থুনা ৱাকমসি নাকোং অমদগী মাকোং অমদা মথং মথং থোন্থাং য়ৈনরকখি। Patient মশাদা লুনা তিন্নবা থরনা হংখি "নহাক অদু কনানো"? Patient না নোক্লগা পাওথুম পীখি, Doctor অমনী। মহাক শাংনীংবা পোকখি। করিম্তু থংজদবী, মরাল লৈজদবী অমদুম্তু মীয়াম্না লান্না লৌনবা হোৎনরীবা করিগীনো? শম্মোংদা হংজখি "ঐসিবু কয়ামুক মরাল লৈবা মীনো?" করিগীনো মী অমতা তিন্নবা য়াত্রিবা? ঐসিবু কয়াম মগুন লৈবা মীনো? মখোয মযাম্না অশুক য়াম্না কনরবীবা, মুংশিবীরীবা? ৱাকমসিমক Doctor অদুনম্তু মশানা মশাদা হংজখিবনী। ঐসিবু শক কয়া কজবগে? ঐনা মখোয়দা করি হায়কনগে? ঐগী লমচৎনা মখোয়দা কায়হোরক্রবনে? ঐগী মীৎয়েংসি মদু চাংবীরা, ঐগী মীংসিবু যাদু য়াংত্রা, নখোয়না অদুক হাংরীদুবু? মহাক্কী মী চিংশনবা শক্তি অদুদা ভক্তনা মহাক্না মশানা মশাদা তোইনা হংজখি "ঐগী শরি ইরামলনো? ঐসিবু করিগী অদুম্না শেম্নীরীবনো"? ——মীওই থবাদি শেম্নী, মীয়ামগী পোৎথানকম ওইনা। অরাবনী, মাংজহৌই মখোযগী পুন্সিগী চৈক্লা হিংজনীংবা মতৌ। মখোয়না পুন্সি কৎচদুনা ইংনা কশানী মুংাশ মংলাংদা হিংজনবা হোৎনজবদা থাজ-বীদবগী নোংলৈ মুংশিং হৌরক্তুনা য়ুম্বালবগী পুন্সিবু তত্তুনা লৈতাফম থংহন্দে। করিওম্বদা শোইখিবদগী মখোয় কয়াদি মৈরানবী কয়াতুনা অমুক পাইশিনবীরক্তুনা মৈরীদু মুথৎপীখিবম্তু য়াওই। পোৎথাকম লৌথিবা মখোয়শিংনা পাংথোকপীখিবদগী সমাজদা তিনশিংনফম [illegible]দবা নত্তে, য়াওরীবনী।

Doctor অদুনা মহাক্কী থ্বাইদগী খাজবা মপুন্সিগী কুইনা তিন্নরক্লবা

মরুপ অমগুম্মা য়াম্মা নাপ্পা চিক্লা তপ্পা তপ্পা ঋাম্বী কয়া লীখোকখি, অচৌবা থৱ মপী অমগা লোইনন্না থম্মোয়দা অথাকপা অমতস্থ থম্মীংদবগুম্মা লীবা হৌরকখিবনী। অদুবু মহাক থংহৌদনা লেপখি বারীগী মতাং অমদা। মহাক থনখিবা ওইরমাল্লে Patient অদুগা মাগা খেন্নবীবা চহিগী মতাং থুনাইদা লৈবীবা অনীমক্কী খেন্নবা থাক। ফনা কুইনা চিকখি। Doctor অদু অচিকপদু হৈনৱমাল্লে, ওহাক লৈরগা হায়রকখি "চংলসি কাদা ফম্মুসি, চা থকউসি"। মবানী কারোমদা লাকমীম্নখি, অদুবু বাদি অমতস্থ ঙাংনখিদে। Patient অদুস্থ হংনিংবনী, মথা চৎথবীরকউ হায়জনীংবনী অদুবু ঙমখিদ্রে। মহাক্কী বাহং হংনবগী হক লৈখিদে। মহাকস্থ থনখি Doctor মিগা মাগা করি খোন্নে? মীগী পুন্সিগী লুমবা তাংলবা রারীবু তানীংঙি হায়দুনস্থ মতাং চাদনা হংবা য়াত্রা? মানা করি থনখিনী? ঙাসস্থ লাংতক্লবা অমদা মহাক্কী থম্মোয়দা ফাওরী "মথা করি ওইরমগদবা"। মতাং অদুদা ইখিবনী "শকুন্তলাগুম মুংশি মংলক্লা দুষন্তনা কনা ঙাইরীবা? মজাইবেম্মা থোইবীগুম্মা মুংশি মহাকথক্কী, কবো ঙ্গোইদা থারিত্রা? পুম্নমকসি নম্ভে হায়রগা, মুংশিবীবা য়াওদবা, অপাম্বস্থ লৈতবা, অশেংবা মুংশিবা থিরিত্রা? হায়য়ু নংবু, করম্মা য়েকউগে, নংগী শক্তম? "Doctor দুনা শৈরেং মতেক অদু পা-গা হায়রকই "মুংশিবীবা য়াওদবা, অপাম্বস্থ লৈতবা অশেংবা মুংশিবা থীবীবনী"। Patient অদুনা হংনীংই "ফংগদ্র"। অদুবু হংখিদে। মহাক্কী মুংশিবা হায়বদু থংদে। ক্লবা অমদী মুংশিবগী মরক্তা লৈনরীবা মরীদু মহাক্কী শ্রংবা ঙমখিদে। মীয়াম্মা হিরম কয়াদা থ্বাইদগী শিংই হায়রকীবা মীওইসি মতাং অমদদী মামুক পংবা মী লৈখিদে। অদুদি মুংশিবা অমদী মুংশিম্নবা।

মহাক্কী পুন্সিদা মুংশিবা ফংথ্রমাল্লে খল্লি। মদু মহাক্লা ঙাক শেনহৌদবদগী নত্রগা থওইরুদবদগী থাদোক্লম্বা তাই। মহাক্কী মুংশিবনা পুনবা চম্নদবা লাকওম কওয়দবা পুন্সিগী শিস্থানা হেন্না লুই থনবা মীনী। মীওই কয়ানা পুনবা হোংনখি অদুবু মথোয় মাইথীখি। মশানস্থ পুনবীম্ন হায়জকই,

পুন্নীংবা কনানা পুম্নবা হোৎনখি। কন্না পুম্নে থল্লুই অদুবু কুইদে, নাম্বোক্লুনা চৎখি, মাগী চুমথ্রিং চুম্বা লম্বীদা, কংগে হোৎনরুবা কয়ানা কংলে থল্লুবমক মাবু কংবদদী মঙমদ্রে। অশুম্না মথোং চুক্লুবা অমগী পুন্সিনা নোংনদি লোৎথাবা পানখি। চৎপতদা চোকথরবা মহাক্না ঙহাক্তং লেপ্লুবনী। মদুদা মীয়াম্না ঙকখিবনী। অতিয়াদা পাইরীবা Rocket অমনা করিগী মীৎকুপ থরা লেপ্লুবনো? মাগী Orbit তা অমুক হন্না চৎপা তাই নত্রগা পুংকাই কাইখিবা ——।

মুমিংকুম্না লংলবা নহাক্কী নতিক নগুন্দ কুন্তি কয়াম্থু লাকখিসনু। নহাক্কী অরেপ্পা লৈত্রবা খোংচৎসিদা নহাক্কী অদুম চৎখিনী লেপ্পুনা। গুরুন কয়াম্থু লাকসনু তাইবংপান্দ তম্মীনবা পুন্সিসে মুংঙাইবা ঙাক্তমু নত্তে থংজহৌনবা মীওইবনা ——।

অশুম্না পোইচৎনরবা মীওই অমনা থেংনখিবনী নহাওইবগী নপলনা মলতীক্রবীবী মৈরীগী শক্তম লৌরীবী কঙাওনরীবী অমগা ——।

ঙসিদি Patient অত্ত অমুক হন্না উররোই মহাক্কী থম্মোয়গী লায়না অত্ত পুংফা ফবদি ওইথোক্তবনী। অত্তবু থরা হেক ফরকপদা মাগী হাকচাংগী লম্বীতুদা হেক্তা থংজৌদনা চংখিবনী। Doctor অদুদা মহাক ফরিঙ্থ খুদোল তমলমদরে। মসিগী মরমদি মহাকপু নীংশিংবীবা মহাক পামজদে। মহাক নীংশিংববু হংজাইক্তে। মহাক্না থাজে Doctor হুনা মহাক্কী মথোং চুক্তবা নীংঙাই অদুদা নীংশিংনবা মচাক ওইহন্দসনু। ঈশ্বরদা তত্তনা হায়জরী Doctor অদুনা মহাকপু মহাক্কী পুন্সিদা করিগুম্বা মতমদা নীংশিংদবা ওইসনু, নীংশিংকমন্থ থোক্তবনী। Doctor গীদি Patient লাক্ক লাক্ক লাকখিবনী অমদী লাকখিগদৌরীবনী।

**O Life ! I fell in the magi hand's of**
**you what can I do, O my life ?**

**" Life "**
**L. Chitra**

